Children book Series

# মৈতৈ নুজা

( Short Stories )

( This book has been awarded first prize in the Children's book competition for the year 1989-90 in Literature group )

শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

Sarat Publications, Oinam Bazar, Manipur.

চিলড্রেন বুক কমপিটিসনদা ১৯৮৯ গী ওইনা লিটরেচর [illegible] )
অহানবা মনা ফংব্রবা। )

---

# মৈঙৈ নুজা

( ৱারী মচা-মচা )

A collection of Modern Short Stories for Childrens

শরৎচন্দ্র

---

arat Publications, Oinam Bazar, Manipur.

---

MEITEI NUJA ( A collection of Short Stories )
By : SARATCHANDRA NONGTHOMBA

Published by
Sarat Publications, Oinam Bazar
Manipur.

First Published 1990
1100 Copies



Price Per Copy 18/-

Printed at
CITY PRESS,
Paona Bazar, Imphal

# ৱাহৌদোক

ইঙ্গ্লিশ ৱারীশিংসি থরদং ৱাখল থম্বা ওন্নবা চহি ১৪ গী প্র[illegible]চানি। নৌরিবা অন্তাওশিংনা করিগুম্বদা লিটরেরী ওইবা ৱারী মচা [illegible] হেন্না পান্না পাবমু য়াওই। হৌরম অসিদা থঙ্গক-বদগী এগী ৱারী মচা থরদগী অন্তাওশিংদা কান্নগদবা থিনা য়াওবা ৱারীঃ মচা ৪ থক্তং থনগৎচরগা অন্তাওশিংনা য়ানবা মওংদা ইথোকচবনি। এনা থঙ্গক্লবমু নৌরিবা অন্তাওশিংনা মথোন্নগী পুন্সি শেম্নগৎলকপদা মমাংলৈবাকপু হুংশিবগী মীৎয়েং থম্বা য়াবা ৱারী অমা; মীগা মীগা খেন্নবা লৈতে হায়রবা ৱারী অমা; পুকচেল শীকপ মীগী মাওনবা তৌবনা ফত্তবঃ মন্দ কংই হায়রবা ৱারী অমা; লমকেৎ লমহাইবা মমা মপানা তায়বা ইন্দবনা পুন্সিবু লৈখা তাহন্লি হায়রবা ৱাফম থরসি মাওদা থমলগা মসিগী আইদিন্না অমতং নৌরিবা অন্তাওশিংগী লমচৎ শেমগৎলকপদা মতেং ওইনবা ইরবনি।

এগী মত্তা অসিগুম্বা আইদিন্না য়াওবা ৱারী থর থান্নগী ফুঙ্গা ৱারী, পাউরৌ পাউতাক ৱারীগী মওংদা ইবগী মহুৎতা থর মোদর্ন ওইবা লিটরেরীগী থোওদা ইবনা অন্তাওশিংনা হেন্না পানৌংবা শোকনি থক্লে।

থর হেন্না নৌরিবা অন্তাওশিংনা ৱারী অমমম পাবা লোই-রকপদা থওবা অমদি লৌশিনবা থরদং হেন্না লায়নবা হায়দুনা ৱারীগী অরোইবদা এগী মত অমমম হাপচিনখে। মসিনা মথোন্নদা ৱারীশিংসি পাজবগী কান্নবা অহু লায়না কংহন্নবনি। মসিনা কান্নবা থরদং কংহনবা ওনলবদি মতুংদা হেন্না কবা মওংদা ইথরকনবমু শেম-শাজরি।

শরংচন্দ্র লোংথোম্বা

# বা অমত্তা

দেশকী মুংশিজরবা অন্তাওশিং !

ঐখোয়দি নোংমা শিরগনি। নখোয়না অমুক জাতিগী মুস্থরেন ওইহৈদ্রগনি। কনানা লৈঙাকপা অফিসার, মন্ত্রি; কনানা খু হৈবা; কনানা সাহিত্যকার। অদুবু পূমমক অসে নখোয়গী নপুংতা তাদুনা লৈরবসু নখোয়না নপুংফাবা জ্ঞান লৈবা মী; লমচৎ শাজৎ কজবা মী অমা ওইহৈত্রবদি ঐখোয়গী অমত্তা ওয়রবা মুংশিজরবা ইমা লৈবাকসে লৈথা তানা মাঙখিগনি, ওক্করবা মচা পোকচবা মচা-মপানা লৈথা তাখিবগুম। অফবা মচা মশু ক-জবা মমা-মপানা চঙনা মশী কাহনা মুংচাইনা পুন্সি লেনবগুম, নখোয়না মপুংফাবা মী ওইরবতনা ইবৈবাক ইরম-দমসি চাউখৎকনি, মীহৈদোক্না নমাঙ্গা মী কোক থোংন লেনডগনি। অদুনা নখোয় পুম্বা ওসিদগী হৌন অক্ন, লমচৎ চৎনব, শেংলসি, মপুং ফানা জ্ঞান লৈবা মী ওইনবা হোৎনহৌরসি।

নখোয়গী য়াইফবতা থাজবা
শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

# মৈতৈ নুজা

পীকলিবী মেমোনা হাথু-হাথু প্রপ-প্রপ চেল্লকলগা ফল্লাংদা থেংলিবা কেলেঙরশিং মথং-মথং য়েংলকই। অহৃদগী ইখঙ-খঙ্‌হৌদনা লাওরকই—"তামোচা! তামোচা! তো য়েংঙো—আদগী অতাণ্ড অনীসে মুংশিন্দ্রা? ঐস্মু মথোয়না তৌরিবসে অস্থুম্মা হয়েং এনা চাউরগা শোয়দনা তৌগনি।"

মচনগী বাহু তারগা মবুং মনিনা নোকলহুনা খুমলকই—"মুংতাইদ! অসিদি ফিসাইনি! সিকাইদি মুপা ঐথোয়গুম্বনা ওইগদবনি। নত্তদি মুপীনি। সিকাই ওইবস্মু মারোইদোবদো।"

মবুংগী বাহু তারগা মেমোনা মথাই মুংতাইতা খুমলকই—"কৃপী মাংবোইদোরিবা! ঐদি মুপাগুম্মা শমস্থ ককনি! ফুরীং থোঙগ্রাওস্মু উপকনি। মুপীগা মুপাগা করি থেম্মরনি অনৈদি?"

মবুংনা খুনই—"ফৈ ফৈ অহুবুদি! ইমাদা তাকথোককে।"

\+ \+ \+ \+ \+ \+

পীকলিবী মেমোনা মাগী থম্মোইদা মরৈবাক্কীদমক্তা মথুংতা নোংমৈ পায়রা, থাকংগী ফি-রোল শেংপা মীশিংবু উরগা মথোয়বু মুংশিজবনা মাগী মথংম্মোই থুম্নাংলি। করি অমুক হায়রগনি চহি ৪ তমক শুরিবী মহাক্না লনজাওদা থোক্লুনা শাম্বা মতমদা

মিস্টিরীগী পুংশিং ককতুনা বং বং লাওনা থৈরকজিবা হন্না-গাড়ীগী মনাওদা থৎতুনা থামলুবস্থু ময়াওরুই। ড্রাইভরশিংনা শাওহ্নুনা কুমথরকপদা মেম্মোগী মোমোন নোকপা মাইথোং উবদা অশাওবা মখোয়স্থু নোক্তবা ওমথিদে। অণ্ডাও ওইবগী মতৎ ওইবা বাহৈনা হায়রুবস্থু ময়াওই—"নখোয় কদায়দা চংলিবনো? ঐনা নখোয় গুরুমকপু হুংশি। ঐবুস্থু নখোয়গী নরক্তা পুবীয়ু।" অসি হায়রহুনা মাগী নৌরবা মপুৎ অনী অহু থাঙ্গংপদা লৈরম-লিবা সিফাইশিং অহুনা "হাঃ হাঃ হাঃ ক্যা হুরা বেটী! জাও তুমহারে ঘর! লো য়ে বিস্কুট" অসি হায়রহুনা বিস্কূট খরা মাগী মপুৎতা পীরগা নৌরিবী মেমোগী চোল্লবা খজাইনা নানবীরম্মী। মখোয়না চৎখিবা মায়কৈদা মেমোনা মমীৎ কুপ্তনা য়েংহুনা লৈহোই।

চহি খরগী মতুং!

মেমো ক্লাস নাইন তগলে। মংগাং কানকপা মতমনি। অতৈ মমাম্নবী কয়াদি মখোয়গী পুক্নী অনদি রাখলদা ইনায় হাঙ্গইবা পোক্লরবনি। অদুবু মেমোগী থাম্মোংইদদি ইচম চমথি। মতৌনদ কন্নিশুবনস্থু ইকায়বা হঙ্গোইদা হায়বা রাখলসি পোকত্রি।

নোংমা কালেন থা অমদনি।

মেমোগী মবুং মণি পাখন্ত কারবনি। মচল অমা লৈতুবগী হৌনবা কি হুরুচা পৌদাখি। মতমহ্ কালেন থাগা ওইবগা, খুলংগী লমগা ওইবগা পুথ্রি তুরেল লোইনা ঈশিং কংলে।

সহরদগী ঙাংনবা লৈখিবনা টৌটিগী খুদোংচাবসু ফংলমদে। কোরনা ঈশিং পিরকপদা মিলিটরিগী গুহাদ ঈশিং লূই হায়বা পাউ তারে। ( মতম অহূদা খুজং খুঙ্গং থরদা সিফাই ১০০/২০০ দংগী কেম্প অমমম মণিপুরগী অয়াম্বা মফম-মফমদা লৈরমই। )

মেমোনা সিফাইশিংগা য়ারী য়্যাভাই শানবা পামই। মরম অসিদগী মমাম্বী ১/২ গা লোয়ননা মিলিটরি গুহাদা ফি শুবা চংলে। ফি শুনা শুনা মেমোনা সিফাইশিংগী লালগী য়ারী কয়া তায়। মখোয়গী খোনা ফবগী য়ারী কয়া তারগা মাসু লালদা য়াওবা য়াগত্রা হায়না হংই।

অসুমা চুংঙাইরবা য়ারী-য়াভায় কয়াগা লোয়ননা ফি শুবা লোইরবা মতুংদা মপুনদা হল্লকলে। অহুবু মসুমদা মেমোবু মাংনা য়ান্না চৈবীখি। অনোবা তৌবা গুহাগী ঈশিংদা শুরুবা ফিশিং হতু ইনক দকশিল্লে। মচু তাবা য়াম্না য়াংলে। অম-রোমদসু মখোয় লেপ্পদা মচান সিফাইশিং মরক্তা চংহুনা য়ারী শাকনা, ফি শুরুনা অহূগীদমক মাগী থম্মোইদা পেন্দবা পোকখি। অতুন ওইদমক চনজরবী মেমোগী মথম্মোইগী অমকপা হায়বহু কন্নিদবা লৈখিদে। মবু না হায়নকই—"নেমো, নঙ মতুংদা সিফাইগী মনাক্তা অমুক হয়া চত্তপিগন্ত্রা? চত্তগদোবা ওইরবদি নহাকপু এনা সিফাইদা থাজনগনি।"

মবুংগী য়াকলদা য়াহৈশিংহ্ তাবদা চমজরবী মেমোগী মায়-খোংদা ডনিদি ইম্ফায়গীবগী মমি তাখি। মায়থোং ঙাঙনা মক লুকপখি। মচিনদদি করিম্ থুনজবা ডমফখিদে, অহুম

ওইনমক মপুক্লৌংদদি য়ারোনা খল্লখি—"মসিবু ঐগী ইবুংঙোনি। ঐসে মাগী মচানিকো।"

মপুক্লৌংদা খুমগে খনখি—"হোয়। ঐবু সিফাইদা থাজবীয়ু, মহুত্তনা ঐগী অপেনবা ওইগনি।"

য়াহেশিংসি মপান থোকলমগদৌরে। থংনবা মীংকুপতা মবুংগী চৈক্ষু খঙনিং নিংশিংলকই। মমাং অনীমক পিগী ঈরা চেল্লি। তপ্না তপ্না শুমলকই—"ঐ চৎচরোই।"

স্কুলগী এন, সি, সি, দা মেমোনা পুন্নক্কী মকোক থোংবী ওইরকই। ওঝাশিংনস্সু মাবু তংত্তনা থাগৎলি। মেডল কয়াম্ম ফংলকই। মসিনা মাগী সিফাই অমা ওইবা য়াবগা মপুক্রাং অচৌ থোগৎলি। ইরৈবাক্কী থৌদাং পাংথোকপা, ইরৈবাকপু কনবা হায়বা অসি মুপাতগী মথৌ নত্তে, মুপী ঐখোয়গাম্মু চাউরবা থৌদাং অমনি। মসিনা মেমোগী অমত্তা ঙাম্মরবা য়াথলনি।

সমাজগী মীৎয়েংনা মবুংগী থারবা মীচৈনা মেমোগী নীং-ঙমলবা থম্মোইগী য়াথলবু ঙাইতাক্তং অপনবা পীরবস্থ, থম্মোইদগী থুমনা ঈহৌরকলিদা মাগী কল্লবা য়াথলগী ঈচেল অত্তুবুনি কনানা থিংলুবা ঙমলগনি ?

মপান থোংগী মীৎয়েং অমদি শাজংশিংবু মীনা থীনা ঙাঙনজুনা য়ারকলদস্সু ইতোমতগী থম্মোইবুদি কনানা য়ারকপা ঙমগদগে ?

মেমো ভগিদি বি, এ, ওনর্স কংলহনা পাস তৌরে। মথং এম, এ, তনথরি। অহুম ওইনমক মাগী মপুং ওইবা রাখলদি— মানা এম. এ. পাস তৌরবা তুংদা দেশকী সেবাদ মাগী লৈজবা মান অমদি পাঙ্গল, শিক্ষিরহৎনা ইমাহ্ লৈবাকী সেবা অমুক্তং মপুং কানা তৌরমখিগে হায়রবসিনি।

মেমোগী রাখল থিংব' ওমলোইদৌরি। অমরোমদসু মেমোদি উইগ কনবীনি। নীংখিবা আশা হোংদবীনি। মৈতৈ মুজানি। মশানা মতীক চানা মহৈ মশিং হৈবগা মরেপাকী নুচিংবী অমা ওইহনা মুপীগী কৌজ অমা শেম্বা হায়রবসে মাগী অমতা ওইবা থাওমরবা রাখলনি! রাখলসিমতং হোংদবা ওইরসু! -

পাঠকশিং

মতম থরদং ভাইহনা লৈবীয়ু। মেমোনা শোয়দনমক ভারত মাতাগীদমক মুপীগী কৌজ শেমগৎলকলসনি। ইরৈবাকনাংবী মৈতৈ মুজা কয়াসু ইমা লৈবাকপু ভাক্রবগীদমক শেম শাহনা মুপী কৌজদা মিং চনবীনবা থোরাং তৌহনা লৈবীয়ু।

[ মুংশিরবা অভাংশিং! দেশকীদমক নখোয়দি করি সেবা তৌগে খল্লি? লৈবাকসিদা পোকপনি! লৈবাকসিদা চাউবনি! লৈবাকসিগী শিবা ভাবনি! অহবু মমল য়াওদনা শিখিবদি পাম্মুই! পোকওমদনা পোকলক্লবা মীওই পোকনি! পোকচমন ওইনা ঐখোয় ঐখোয়না ওমজবা থরদংদি পলেম মাগীদমক তৌকম থোকই! লৈতে ইরৈপাকমুক মুংশিবা। লৈতে ইরৈপাকমুক পাম্মুবা! মাগীনিবু হায়রবদি কংথোকলসি থরাইসি।]

# মহাকস্থু মীনি

থুমলোমদা হল্লকপা বস অহু মীনা ক্রক ক্রক ইম্নরে। তোংলিবা পেসেঙ্করশিংহু মথোঙ অনৌ গুনা তাজবা ক্‌ঙ্কদে। অম্বাম্বনা হেঙ্গাং বারদা ম্নাম্নহুনা লেপপোই ম্নানবোই তোংবা ভাক্তনি। লাইবক ফবদগী ঐহাক্তী ফমফন অমতং ফংলে। মহম্থ মরুপ অমনা কনবীরম্বদগীনি। ঐহাক মতমহুদা নাকলা হোগংলকপগী হৌনশা হকচাং অসি কয়া হৈ‍িংলমদে। ঐগী হৈনিংদবা মতৌ অহুদা ফনফম কনবীরম্বা মরুপ হহুম্থু ঐংভোন্দা কয়া ভোয়না ম্না হংলকপা তে‍ৎখিদ্রে। ঐখোয় অনীমক ছুদিন ছুনিন ফমনরি। খোইদোকপা ম্নারী শানরমদে।

ঐগী ম.ভনক্তংনি। মুপা অনীখক্তি ওহ্নোক্ক ক্ক'ডাইনা ম্নাম্না কম্না হৌন-হৌনা ম্নারী শানরি। অনৌহুগী মহুংদা ম্নানৌ কননা লীম্নিবা মুপা অহুদি মেংবদা ওহ্নোকপা ফিভন অম্না ওইনা উই। মাগী মমায় হহু তপং তপংঙ্ক। মনীং অনীহু ফনা নিথীনা থুই। মনাতোন অহুদি পুম্প্যাক পাক্না নমই। ময়াঙ্ক থাম্না চৌই। মচীনবান অনীহু নম্নাম্নগা চানদবনথৈ চাউই। চৌরবা মম্না অহু তেল্লবা চাউনা পোনখংপা মাল্লবা মচীনবান মথক মথা অনহুনা তংতলা থুমগদবগী হেক-হেক হেৎনৈ। অহুবু মহু কুইবা খক ম্নানে, চেরবা মম্নাশি হু হক্তনক লীৎখোম্নকই।

শরৎচন্দ্রগী ম্নাম্নী মচা মচা

মমায অদু হৌডোই পোঃরোবীগী শঙ্বোবী অছুবম্না চঙ্‌-চঙ্‌ই। মাগী পোঙ্গলবা চৌনবান অমদি খদাংদা মকম মরাং খঙ্‌ত্রবা লল্লবা কোইবৌ খর হৌই। মহাকনা রা ঙাঙবদা মকম মরাং খঙ্‌ত্রবা মাগী মকে ইশিংদু ক্রিং ক্রিং চোংই। নোকপদা য়ারিশিং অদু পুমহি-হিগৎলি।

মাগী মকোক্তা চাউরাং লাংবা অমনবা কম্বলগী শাংলবা মচেৎ অমনা কনকেতি ওইনা লুমনা য়েৎলি। লেঙ চোল্লবা চাউরাং লাংবা ফুরিৎ অমা লৈংলি। মচু শিথরবা হীগোক মচুগী খোংগ্রাও অমা উপ্পী।

মাগী কুচ্‌ৎ্নি মৃই। ফুরাও রাওই। শাবাদ্দি চাউ শাংই। মাসল মত্রিং মত্রং কায়। মশাগী চহিনা চাউরক্তা ৩৫ মুক শুরুংশগনি। য়েংবদদি চহি নিফুগী মথক্তী মী ওইনা উরে। মাগা লোযননা মশক নত্তৌ ফজরবা লৈশাবী মচা অমম্ মাগী মনাক্ত ফংনি। চাউরাক্তা ঙ্গপী মচাঙুপী চহি ১৬ লোন হায়বা য়াংরে। চাউরৈ কনবা ওইবনা য়েংবদদি মপূন নরৈ কানা উরে।

ঙ্গপা অসিগা ভুসাইদগী য়ারী শানরনলিবা ঙ্গপা অসুমদি মাংহন্না তৌদে। মশা নাপ্লি, মকোক্তা ছুপী অংস্থ উপ্পী। মচৌন্দা কংচুপ অংস্থ চুমই। কংচুপকী মুৎপ্রবা মৈ মৈখেং খেৎতুনা হেক হেক মৈথু কাহপ্লি।

মখোয়গী মনাক থরদং নকশিল্লুবা মতমদা ঐনা খঙ্‌বি— মখোয় অনিনা ভুসাইনথে শানরমলিবা য়ারীশিং অদুদি করিস্থ

নত্রবা ইচম-চম্ম বারী অমা ওইরমলে। বারী অছু অহানবগী-চুদনা নম-নমহুনা শাবা হৌবনি। অমহুনা থুবদবা য়াদবা মতাংদতা অমুক-মুক্তং পুম্বনি। ‘অস্তুম য়েংবদা মুপা অমত্তু ফনা তনথরকপগুম উরে। অহানবগী মুপ’হুনা হায়রকই— “ইন্ফাল হায়বসিদি করিস্তু নত্তবনিদা। ঐগম্বা কয়া অমনা মায়কৈ কয়াদগী পুনশিন্নরগা শেমবনি। ওসিদো থর কেনা কাগে তৌবনি। ইচাম্বুগী লৈশাবী অসিমম্ব ইতুং ইন্নকলবনিনা ······ অহুদা দাইনা য়াত্রিংদি ফুরীংতু হেক কংহৌদ্রে। ইনাও মুপাগী ওয়াংতা লেকেওহেন্দ হুকান্দগী লুপা ১৫ পীহনা লৈরুবা ফুরীং অসি লীংশিন্নকলবনি। নিংথৗ থা ওইবসিদা কোকসিদা করিগুম্বা অমা যেংত্রবম্ব ইম্বুং মুংঙাইতেদো। ঐগী কমকোটি অসি লাপনা য়েবদসি শামহুনা লাকচবা য়াবা নত্তে। ঐম্ব বাবুগী টুপী (ইংলিস কেপ) হুগুম্বা অমতং লৈবা তারি। ইন্ফাল অসি থর তোম্বনা কাবা তারবদি কালগী চৎনবী থরম্ব য়াওদবা য়াদে। বিড়ী মপুন অমা, মৈথেং উপু অমা হাপত্তবম্ব য়াদেদো। ক ত্রা য়েপতুনা কাবা য়াবা নত্তেদো। এঃ নহানদো শুমদোইনে··· (অসি হায়রগা মতোমতা কাক-কাক নোকথোকই।) বিড়ীগী চিঠি খেলা য়াওবদা বিড়ী মপুন অমম্ব ফাওরে, মমল য়ামত্রবা লিক্লিগী শেমপাক অমম্ব কাওরে। শেমপাক অছু ঐনা য়াম্না পামজবনি। হুংখিল তুম্মু হৌগৎলকপগী হৈ মেৎনগে থনহুনা পুরকপনি। অহুবু মথা থংবগী তাদ তোম্বংনা পীদবা য়াদে হায়হুনা লুপা ১০ পীরমলগা পুখ্রে। তোঃ তোঃ ইম্ফাল হায়বসিদি

হৈত্র শিংজরন্দি শেলগী শেল ভাক্তনি। চুমীংছুগী তারাদি কলহৌবে হায়বা।" অসি হায়রগা অয়োইবী থাহনা ফাক-ফাক নোকথোকই। মানা নোকপা খুদিং মাগী অচৌবা ময়াশিংছু লোইনা থোরকই। থাঙাং খুদিংগী মুরবা য়ারি পরেং লোইনা থোরকই। মতিন অমুক-মুক যোংথরগা ভাঙবা হৌই। হন্দক-মুক্তি কারি খন্নুদবনো থঙদে, মাগী থারী শামকরিবা চুপা অচগী মচৌন্দগী কংচুপ অহু লোক্করে। মহু পায়হনা মুম্না য়েংলগা মানা হায়রকই— মসিহুম ফনা কৈ। থাবুগীসিবু মমল কয়া পীবগে ঐথোয় হিদাক পাম্বগাদি য়াম্না কাম্নি। চুরুট মতেক মত্তা ফাওবা মাঙহন্দবা য়ারনি মসিদি। সরকার ইবুঙো শিংইদ। কংক্রগা মঙংনিনে মসে। লৌবুক্তা পুন্নে ময়ারবা, ইম্ফাল কারে নয়ারবা। সরকার ইবুঙো শিংইদ? নমিৎও ননাও!" ফাক ফাক অমুক নোকথোকই। মথা তাথরকই—"হেয়া, চুমদৌবনে ওসিদি লুপা ৩০০ পুরগা ইচা চুপী অসিগী মথুৎতা শিননবা ঘড়ী অমত্তং লৈগে তায়হনা মাবুম্নু য়াওনা পুহনা ইম্ফাল কা-রকপনি। অহবু পোথি পোংকুন থর লৈরগা হন্নকলে। ঘড়ীদু য়াওনা কোম্না লৈবা তারে। লুপা ১০০ লোইখ্রে। হৌজিক লুপা চনিথক্তং হন্নকুনা ফুরিৎখাওদা য়াওরিয়ে। শমোক হাতম অমত্তংছুম লৈখিবা তারি শঙোম চানবা!"

অসি হায়রগা কংচুপ অহু চুপাহুদা পীথোকখি। মাগী ফুরীৎখাওদগী বিড়ী লোথোক্তুনা অমা চমই। অমুক্তং কম্না চিংই। বিড়ী মচাহু মাগী চাউরবা চাইকুং অনীনা হেক ভমলিবমখৈ

অতোম্বা থুপা ( মচা মুপীবু লরুরবা ) অহুনা থাং মচা অমা পুখোরকলগা কনামতা মতেং পাঙলক্তনবা কিহননবা হোংনৈ। অহুবু শেনবু অহুনা করিম্বু লৈত্রনা মহাকপুম্বু মাগী অতোম্বা মথুং নাম্মনা ফাখি। পাঙ্গল ফরবা মুপাহগী মথুংতগী মখোয় অনী নাম্বোকপা ঙমখিদে। থুনমক মখোয় অনীমক্তী মথুং প্রোক প্রোক লৈথেকখি। মখায় টয়াং লাংনম্নকপদগী গাড়ীমু থাংনলে। নম্বোল বাজার থোরনলে। গাড়ী চেক তৌবা পুলিস সব ইন্সপেক্টর অমা কন্সটেবল খরগা চঙশিন্নকুনা হুবানবা অনাহুবু ফারে।

ইন্সপেক্টরনা হংলকই—"সে'মদি কদাই য়োংগদবা ওইরবনো?"

দুপ হুনা খুংলকই -"ঐ সাইখুল য়োক্তগদবনি থানা বাবু। থানা বাবুশিংনা অসিগুম্বা চুরানবা, থবক শুনিংদবশিং অসিবু মতীক চাবা দণ্ড পীবীবু।

ইন্সপেক্টরনা খুমাখ—"উম! মখোয়বু শোয়দনা মতীক চাবা দণ্ড পীগনি।"

অ সমা লেপ্লনন কন্সটেবলশিংনা মখোয়বু গাড়ীদগী হেক ইথুখিবগা লিচৈগী খোল তাখি। গাড়ী অমুক থোবা হোরে।

[ থু শিরব অহানশি! রারী অসি এনা থেংনখিবা অমতং পাউ তম্বানি নখোয়দা। মসি পারগা নখোয়দা হায়নিংবদি মীনা মীবু মা মস্তবগুম খঙবা অকবা নত্রে। এখোয়না অপ ঙবগুম উরিবা মখোয়গীম্বু মংঙহবগী থেংনা লেপশিং লৈরিবনি। নখোয়মু মানি হায়বসিনি। শেল হায়বসি পাক্ললনা রনা ঙ নোমহুনা হানপদবনি। অরেম্বদা রাদনা শেল তায়বা থক হোংনরোইদবনি।]

———

# থাইবেম্মা

মমা-মপা অনীগী মীৎকী থাজনি থাইবেম্মা। করিগুম্বা মতমদা ইবেম্মা কৌই। করিগুম্বদ থাজ মানবীস্থ কৌই। করিগুম্বদনা থাদোইস্থ কৌই। অদুবু মম্বাম্বদি কৌনৈ থাইবেম্মা।

ওসিদি থাইবেম্মা কপতুনা লৈরম্মী।

হৌখিবা পুন্সিগী লামাই কয়া কাকং কাক্তংনুরগা হেন্ন-হেন্না মীৎলু ঈরা শীন্থরকই। হেন্না হেন্না কপনীংলকই। হেন্না হেন্না খোয়শাওনরকই। মহাক মতোমন্তা মপুরোইবগী চাউদবা অমনবা চাকশং অদুগী মচী অমদা ভুমপক ভাশিন্দুনা ফংলগা কপলি। মানা কম্মত্থ উরগা নাকল অমরোমদা মখোয় ময়াম অমনা নোকলি। কনা অমত্তনস্থ থাইবেম্মনা কপলিবগী মরম হংবীখিদে। মাগীদমক খনবীরিবা হায়নবু মচাক্কী অহল ওইবদা মপুরোইবত্থ নত্তাগরে। মপুরোইবগী হায়গী নুপীশিংনা পোকলম্বী মন-মংমুক চাউদবী মচা নিত্তোলশিংতনা মাবু মতম খুদিং ময়ংশিনবী। ওাঙবী, চৈবী, নোক্লবী। লৈরিবা মচেহলশিংনা মরোল অমা ওাঙলিবা, ময়াং থুন থরদং মাকপগীস্থ লংথাইরম্মি। চাক থরদং পেৎপগীস্থ চাবীদে। ইমুংদুগী পোংনা অমতং মাঙলকপদা মত্তোন্দা মতাইনবী। ওসিদি থাইবেম্মা থাঙৈশেংনমক শিজনীংলে। মানা করিগীদমক অসিগুম্বা নুপীগী মমল থত্তব্রবা, নুপীবু লাইফদিবীগুম থনবা নুপা

অসিদা থন্দুনা ময়ুম পাল্লকল্লিবনো থল্লি। মতম অমদা থাইবেম্মবু পামজনা কোয়বা লাকখিবা মশু মমাময়বা কম্নাদ য়ামগ্রবা! অদুবু মরাইবক্না কল্লিননো পুম্নমক্পু হন্দোকলমলগা মতু ৪ লৈবা মচা ১২ লৈবা অফিসার অমগী ৫ শুবী অতোম্বী ওইরকখি। ওন্থোকপনি থাইবেম্মগী মরাইবক! ঙসিদি থাইবেম্ম নীং পাঙনা পাঙনা মঙ মঙলে। তাইবংদা লৈনা লৈনা মঙলাক্লে। মপুং রোইবগা অমুক্তং উনরগা অরোইবা অমদি ঙাঙনরগে হায়না খল্লে।

মহাক শাওনা কমুংদা চঙলকলে। থোঙ লোনশিনলম্লগা হীপল্লে। মহাক কপলবোই খল্লি। মীওইবা মপোকী হৌনশান খল্লি। অদুবু থক কপঙনা লৈবা ঙমখিদে। কপ্পনখৈ কপলবা মতুংদা নিংশিংলকই মাবু নুংনা চান্না তৌবীখিব মাগী ইমাতোন! (থাইবেম্মবু মমানা পীরক হন্দোকপনলগা শিখি। ইমাতোন অনা পুরুকখি মপাবুংনা। মচা পোকতে। থাইবেম্মবু মচাগুম নুংনা তৌবীরকই।) ঙসিদি থাইবেম্মনা ইমাতোনবু কৌরহুনা কপলকই। শোগ্গরকই—"ও! ইমাতোন · —নঙদি ইমাতোন নত্তে, ঐগী ইমানি অশেংবা! নঙনা হায়বা ইন্দ্রজলবদি ঙসি ঐহাক অসিংন্বা দশাসি ভারমলোইকে! ইমাতোন! নঙগী নফমদা ঐনা ওনথোকনা লানখি। য়াম্না লানখি। মহু নঙদি খাঙ,ঙমলোই। ঙসিদি পুম্নমক্কুগী দগি ঈশ্বরনা ইফমদা পীরকলে। ঐ য়াম্না রারেনে ইমা! ……ঐ য়াম্না র রেনা — — ..." রা ঙাঙবা থোকখিদে চম্নম ফুনগৎলকখি।

অম্লা চিল্লবা কাম্বুদা কুইনা কপলুববা মতুংদা লাম্লুরবা মাঙ্গী রাখলনা হৌথ্রবা খোংগোক কয়াবু কাউত্তমদনা নোংখিংলকখি—

\+ + + + + +

"ইবেম্মা, নহাক নমানা হায়বা থর ইম্মুনে। নত্ত অত্তাত্ত নত্রবনিকো হংম্বীগে।"

রাহৈ থরসিংতনি পাবুংনা ঐত্তোন্দা অফিস কারমদাইদা হায়রম্বা। ঐত্তাক পাবুংগী রাহৈ থরসি তাক্রবদগী ইমাতোম্বু শাওনিংবনা মীংকুপ অমত্তা লৈকন পল্লমদে। পাবুংনা ঐত্তোন্দা হায়রক-রাহৈ অকনবা থাখিবা সুনীংহুনা হয়ানবনি। মনাঙ্গী মতমংদি পাবুংসু ঐনা ভোবত্তা কাম্বুনা লৈনকখিবনি। ঐসু অফিসারগী মচা অমগী ক্লোনবী কোৎথোক-মোংংক্কা লৈত্তরকপনি। রাহৈ তংগী-মক কপচেম্বী কয়ারক থৈত্তরকখিবনি। অদুম্বা পাবুংন মনা লৈত্রবঁনি হায়না মুনা চেইরং ঐসে. ইমাতোম্বা হেক লাকপা মুখীংতনীনি তোংনংনু হংগংবা ক ভাঙ্গি। পাবুংসু ইমাতোনগা থইথ্রনাম্নে ভুসিন্দি। মহাক্তুদা ঐনা খংখিবসি— "ঐগী মংপানগী ইনংভু লাক্ত্ররনলবরি ঐনা হায়ব্রিবনীখ ভাবী-রুনগনি. ঐনা তোত্রিবংগৈ য়ারবগনি" অসিনি। থাইলোংলা হায়রবদা ঐহাক মুখ অসিদা ইমাতোম্বু লৈহনবা ভুকপাম পামললমদে।

খুদক অত্তুনক্তুদা ইমাতোম্বা কেরকই— "ইবেম্মা! চাক চারদো লাকও।"

ঐহাক ভানা-ভানা ভাশিন্নখিদে। ভুমিন্না হন্থম্মক লৈরমই। ইমাতোম্না অমুকস্থু নোংলহুনা হায়রকখি —"চাক অসে ইংথ্রগনি, চাখোকলবো লাকও।"

হন্দক্তী ঐনা শাওনা থুমখি—"নপা চাও"।

অসি হায়রমলগা ঐমু অহুম্মক ইভন ভন্না লাইরিক থাউ য়েপতুনা স্কুল চংলে।

ইমাতোম্না হন্ন-হন্না কৌগোই, ম্যাঙ্গোলদা লেপলহুনা—"ইবেম্মা! ইবেম্মা!" ঐ অমুক হন্না ভারমন্ত্রে।

নোংমম্ভু ইমাতোমনগা ঐগা য়াম্না শাথিনা থবনখি। য়াকমহুদি বলিম্ভু কৈ হনা য়াকমনি। ঐবু চাক থর থোংউ হায়বগীনি। মতমম্ভু ইমাতোমনদি চাক পোংবা য়াদ্যাল্লে। পাবুংম্ভু মমাঙ্গদা লাকুনা চংখোকখি। ইমাতোম্না মানা নোম্বা য়াবা থবক পুম্নমক কোইশিল্লগা অদু চাকথুমদা চহুউ হায়খিবনি। অদুবু ঐহাকনা থোমুহুই হায়বগী মতাংদা ভুনিম্না অহুম্মক লৈখোকলে। ইমা-তোম্না মীপ ইহুনা হায়রকই—"ইবেম্মা! নম্ভ পাবুং লাকলনি, হনক কাবা নংলরোই। থরদং হেক শং থোংলোকলুরো"

ঐনা শাওনা থুমখি—"নহুদি থোং য়াত্রাও?"

ইমাতোন—"হৈনা! ঐনা য়াদবদগী হায়রিবনিনে ইবেম্মা! অসিবু কদি লৈবা থবকনো?"

ঐনা থুমখি—"এবু নখোয়গী অরৈবা মীনায়নি হায়না থনত্রো? ঐসে নবেম্মা অমনা চাউখোক চাউনা পোকলমবনে।

ওরাংতা নহাক্না য়ুমসিদা লাকপীরগা ঐবু ওৎপা নৈবা থক তৌবীরমু। ঐ থন্নাই য়াম্না মুংভাইতে।"

অসি হায়রগা ঐনা "ইমা" কৌহুনা কপখিরম্মী। ইমাতোম্না হায়রকই "করিনোনে ইবেম্মা! ঐদি নঙোন্দা কবিম্নবু হায়খিজিনে, চুম্নতা মীয়োল লৈজদবগী হৌনবা নহাকপু চাক চথোমমুক্তং থোংলু হায়রুবতনি।"

ঐ য়াম্না শাওনিংলম্মী। লাইহৎহুনা থমখি—"অহুবু ঐনা ওমলোই হায়রেদনা! পরিক্ষা কুইহনবনি। নহাক্তী লাইরিক তমলক্লবানিনা ঐগী অন্নাবা থওবাবা নত্তে। ফেল ওইরগা তাওবাবদনি থংবাগদৌরিবা!"

ইমাতোন—"কনানা নঙোন্দা তাওগদৌরিবনো? করিগীম্নু ফেল ওইরক্লগানি, নোংমগী মম্নুংদা চাক হাহাক থোংলুবদা।"

ঐনা খুমখি—"করিগী তাওলোই! পরিক্ষাদা ফেল ওইরকপদি থমবু থমখে! অম্নুক কপ্পবা পাবু বু নহুতনা হায়জিন-হায়জিনহুনা করিম্নু তৌহনবা ঐবুম্নু পাবুংগা মুংশিনহনদ্রে।"

—"ইবেম্মা!" —ইমাতোম্না নমায় ওাওনা হায়রকই।

ঐনা পন্দনা তাইথে—"ইমানা পীক্না চন্দোকলখ্রগী পাবুংদি ঐবু নোংমতা য়োনা রাইহে অমা কাওবা কননা হায়খিদ্রি, ঐগী থরাই মুংতাইখিরোই হায়হুনা। অহুবু নহাকনা হেক লাকপদগীদি ঐগী নাকোংদা পাবুংনা চৈ থাংবা কয়া তারে। পুন্সি অসিদা কপহুনতা লেপ্লগদবা...... ...কপহুনতা.........!" অসি হায়রগা

ঐহাক মথা তানা শাংগনা কপলম্মী। ইমাতোন অহু রা মথা অমুক তারমম্রে। অহুম্মক মপান্দা থোকখ্রে।

পাবুং লাকপা মথোল তারে। ঐহাকসু অমুক্কা হেন্না খোঙ্কেল রাংথংনা কপ্পা হোৌরে। লৈখিত্রবী ইমাবু কৌ কৌহনা কপখি। পাবুং ক্বিংনা চঙলকখি। হংলকই— "কেদোরে-কৈদে.নরে ?"

ঐনা খুমখি কপঙাং ওইনা— "ইমাতোম্মা ঐবু চৈরিবা ! ..........ঐবু চাক থোংবা লৌতাম্ররিবা ! মাগী পরিক্ষা কুইত্র-বদা · অহুভসু নস্তে। মানা ঐবু ..........ঐ থরাই য়াম্না মুংঙাইতে !"

শাওনা-শাওনা ঐহাক চাক চাদনা স্কুল কানবা হোৎনরে। পাবুংনা লাউরকই—"ঙাইখোনে ইবেম্মা ! চাকসু চাদনা য়েংঙোই -- নবুকতু থবং তংলনি।" অহুদগী পাবুংনা ঐগী ইনাক্তা চঙ-লকলগা—"সে, সে, লুপা ১০ সিনা থেচিরা কন্নিনো চাক্করো। ঐনা মচীন কনবী নমাহু থিক তৌরোইদ্রদো।"

ঐ পৈশাহু লোরগা অহুম্মক চৎলে। ঐগী ইতৌ উবদা পাবুং থাঙ্গৈশেংনমক মথাই মুংঙাইহৌদ্রে। মুকম-মুকম শোন্দুনা অহুম্মক লৈহোৌরে। মুনীৎ অহুমদি ঐহাক স্কুলদা চঙদ্রে। ইমান্নবী থরগা অহুম্মক সিনেমা য়েংবা চৎলে। সিনেমা য়েংন-য়েংনা ইমান্নবাশিংনা হান্নরকই—"হয়েংদি থাইবেম্মা ! হিন্নাংথাং বন্ন লাইথুরুবা চৎলুসিনা ?"

ঐনা হংথি—"কনাগা চৎকনি ?"

মেথানা খুমলকই "হারমা, লৈশাবীনবু কনাগা চংথিল্লগনি হায়বগে? মমা-মমাগা চংমিন্নদনবু। ঐদি নখোয়গী ইমাদো যুংশিন্নে।"

ঐনা খুমখি—"যুংশিন্নবীসু কৈন্দ্র! ঐদি মাগা থংনরে।"

মখোয় মপাম বা লাউনা নোকলম্মই। সেহৌনা মখা তারকই—"মমাগা মচাগবু খংনদবা কনা য়াহল্লবগে?"

ঐনা খুমখি - "অছু ওইরবসু ঐগীদি মায়া শাখিনা থংনখ্রে।"

সেহৌনা হায়রকই—"অছুম ওইনমক মমা ওইবীনদি থক য়ারো পুকলো চাউনা খোয়থা লিনথা থানদবনিদা।"

\+ \+ \+ \+ \+ \+

লুপ্তিংতুমসু কাউদ্রি।

মু চিদাংবা খবমতু ঐহাক মথা যুংথাইনা মুমদা হক্কলম্মী। ঐনা হল্লকপা উবদা ইমানা হায়রকই "চাক চাখোঁকনারো ইবেম্মা।" ইমাতোনগী বু তৈথু মংচৌশাগা কয়িসু থেল্লিদে। ঐসু হৈনিংনা চাকলওয়া শ্রপ-শ্রপ চঙলক্লনা চাক চাবা হেরে। ইমাতোননা কুপ্পলা থা লোঁরি। ঐনা নীংশিংলকখি এন্ড-হুল সেবতীনা হায়খিবসু - "অছুম ওইনমক মমা ওইবীনদি থক হায়রো পকলো চাউনা খোয়থ লিনথা থানদবনিদ!" ঐনা ইমাতোনগী মতো উবগা অচুম্বনি হায়না খনখি। ঐনা চাক চানা চানা হায়খি—

—"হয়েংদি লাই থুকনলুসি ইনা!"

—"কদায়দনো?" ইমাতোননা খুমলকখি।

— "বর থুরুপ্পা .... হিরাংখোংদা।" ঐনা খুমখি।

—"নপাবুংনন্দু য়াররবদি চৎপি।"

—"পাবুংবুদি শোয়দনা য়ানি। মাদি ঐনা হায়রবা থক য়াদনা তোকখিদে।"

— "হোয় তোয়।"

ইমানা ঙরেংদা ডাহ্ ঐগী চাকলুক্ক হাপালকখি। ঐসু হরাওনা ইমাগী মাইথোংদা য়েংখৎলুই। অদুবু ইমাগী মাইথোংদি মমাং মনাই পূম্না পুমপোম পোমলরম্লে। ঐ কবিসু হাংরবা তেংদ্রে। ইমাসু মাগী তোগদবা মথৌ তৌনবা মপাংনলোমদা চংকাদ্রে। ইনানা তুং ওন্তোকখিবদা উরকই মাগী মনঙ্গলদগী চৈকুএ কম্না অহ্ — পাবুংনা মাবু শোয়দনা ফুবীরমলগনি। দাগশি, অহুনা চঙী শংফিনি।

নোংমদি ঐহাক ইমাগবী থরগা লোয়ননা কোয়রুবদগী য়াম্না ঙংনা চংশিল্লম্মা। ইমাতোম্মা শাওরপনা হায়রকই— "ফুল কুমলকপা মতম নত্তে হায়দুনা নপাবুংনা য়াম্না শাওরিবনি। নত্ত কদায়দনো অমা লোংনু, নত্রবদি নপাবুংনা শোয়দনা... ... — ।"

ইমাতোম্মা ঙাঙদা লোইরম লোইফা-ত্রিঙ্গেরা ঐনা— "নত্তদনা হনশিনবীদুনা এবু পাবুংনা শাওরিবনি। মহু পূম্বা ঐগী অশেংবা ইমাদু ওইরমলবদি।"

খঙদেদে, পাবুংনা ঐগী কারোমদা চঙশিল্লকলগা শাউনা হায়রকখি - "অহুম্না হায়গদবা নত্তে, নঙগী লিচং ঐনা তম্না

খঙলে। মতুংদা অমুক তৌরবদি লাইরিক তম্বা কাওবা চৎহন-লয়রোইদবনি খঙলবরা ?"

অসি হায়রমলগা থোঙ অহু শো লোনশিনখিরম্মী। অচুগা পাবুং চৎখ্রে।

কা অহুদা ইভোমতা ভায়গৌরে। ঐহাক মতমচুদা থম্মোই শোক্লা কপ্পা হৌরকলম্মী। লৈখিত্রবী ইমাবু কৌর-কৌরদুনা। ইমাতোম্মা মাগী কাগা থংননা কাৎশিবা খোঙনাং অহু হুং দোকলগা হায়রকলম্মী - "ইবেম্মা, মক্কচিদা থোরকালে, নপাবুংনা শাওদুনা তৌরিবনি। ঐনা ওসাইনা হায়ব্র ? ইনাবুসু কয়ারক ক্ষু-চৈরমলবনি !"

ঐনা শাউনা খুমখি— "নঙদা শিজখিবা য়াত্রা ? পুম্নমক নহাক লৈবদগী থোরশিবনি।"

ইমাতোম্মা মথাই হুংজাইতনা খুমলকই - "ইবেম্মা, নঙনা ঐবু অমানবতা ভাংলে। ঐদি নহাকপু ইচাদা ইচাদগুম থজিকো —.. !" অসি হায়রমলগা ইমাতোনসু চৎপ্রে। ঐহাক ইভোনতা অচুম্মক কপতুনা লৈহোরে। সুনীৎ অচুদগী হেনা এনা ইমাতোনবু ফজনবা শীনবা হোৎখ্রে।

নোংমাইজিং সুনীৎনি।

পাবুংসু অফিস কাত্রে। সুনীৎ অসিদি ঐখোয় পুম্না চাক চামিন্নগদবা সুমীৎনি। অতুম ওইনক ইমাতোন অমদি পাবুংদগী ঐনা চাম্না হেক হেক চায়। ওসিম্নুনি। ইমাতোম্মা চাক থিবা লোইরব লোইকাত্রিবৈদগী হৌনা পুখম পায়দুনা চিংখোকলুরে।

মতু'কম্থু ঐগী হাপকদবা হাপলংলগা ঙৌরিবা বঙ্গোম অং নুংঙৈরোই হায়রুনা শাঁকৈদগী শাঙ্গ খুদাপ অমতং লৌবা চংথ্রি ঐন্থু তাপ্পা চারহুনা ঙেহিবা বঙ্গোম অহুদা মা হাংনবা হিদাক অহু থর কৈ ঙমল্মী। খুদক্তা বঙ্গোম অহু মচু অমা ওনশিন্নকলে। ঐন্থু অমুক চাক চাবা হৌরে। পাবুংন্থু ইরুজবা লোইরুহুনা চাক চানবা চাকশঙ্গলামদা চঙলকলম্মী। ইমাতোম্মা পুম্নক শিন লাদম্নি। এগীন্থু চাক তোকলমদাই য়েংরুহুনা ইমাতোম্মা ঙেহিবা বঙ্গোম অহু হাথ্ হাথুনা গ্রাস অমদা থরদং হৈরম্মী। খঙশিন্নদবা শারহুনা ঐন্থু চাক খোথংগা বঙ্গোম অহু তাংলম্মী। মচু ওন্নবা অমদি মনম অনা নমলবা বঙ্গোম অহু য়েংলগা ঐনা হায়রম্মী—"বঙ্গোম অসি খুংঙা অমা তৌরে, ঐ চাগদবা কিরে।"

পাবুংনা ইফিং-ফিনা হংলকলম্মী—

"করি তৌদবগে?"

ইনাতোনন্থু চঙশিন্নকুনা হায়রে—"করি কুউবা মাওংদবগে ইরেম্মা?"

ঐনা—"করিবু মাওংগনি, বঙ্গোমগী মচুবু অম্বুম্মা তেংবরা? অহুগা মনমন্থু!"

ইনাতোন—"অহুগীদুদি ঐনা চিনি অঙৌবা লোইথিহুনা অঙাঙবা ওইনা থাকপহুদা ওইরিগনি।"

ঐনা—"অহু ওইরবন্থু ঐদি চাবা শুকঙম ঙমলরোই। হৌদোংদা হায়না থাখিগনি।"

অসি হায়রগা ঐ হৌদোং কৌরমই।

ইমাতোম্মা হায়রকই—"নঙনা য়াম্ম চিংনরগা ইমানা য়েংগনি, হৌদোং কৌরুগম্ হ!"

ইমাতোনগী য়াইহুমকনা ঐহাক নিংদোল তিং-তিং চোং-লম্মী। করিগুম্ব থকখিবা থোক্লবদি মহাক শিখিবা তারেদকো। করম তৌসিগে?

ঐ পাখংপা অমা য়াওরম্মী। ইকাই-খাঙদনী কঙ কোংলি হায়বত্থ থোকখ্রে ঐগী ইকমদা অহুম ওইনমক ইমাতোনদি অপনবা লৈতনা মঙোম অহ্ন খরদং মহাও তংখিনম্মী।

খঙহৌদনা ইমাতোন খুৎতা অমা তৌখ্রে। ঐতোংদা হায়-রম্মী -"ইবেম্মা, চারুরম্ম মঙোম অসি হু ওল-লে।"

ঙাংহাক্কী মতুংদা ইমাতোন তুথখিরমই। পাবুংম্ব ইঙক-ঙক্লা কোয়চেল চেল্লকলে। ডাক্তর কৌকরে।

+ + + + + +

মুখাং খরনি হৌখ্রে।

ডাক্তরনা কম্ম হে হনবদগী ইমাতোন হৌভিক্কি কদি থোই-দোকপা লৌখ্রে। লোকলিদা থোদোক পুম্বা অসিগী মরি ময়েং খঙহুনম্ব ইমাতোনদি হুদি ফাওবদা তুনিম্মা অহুমনক লৈরকলি। করিগুম্বা অমতম্ম হায়রকপ কাঙথোকলকপা লৈদ্রি।

ইমাতোনগী অসিগুম্বা মতৌ অসিদা ঐ ইতে মত ইকায়-ত্তবনা খাঙফম শঙলমদ্রে! করি ত্তক হায়রুগনি ইকায়মন-খিবদগী ঐ মুমদা কুইনা লৈবা ঙমাঙলকাত্রে। ঐ মাবু উনবা শুকঙম ঙমখিদে।

মঙমছুদা ঐবু পানবৈ হায়না য়াম্না কন্না থেমখিবা মুপা অমা লৈ। ঐনা শুকয়া য়াখিদে। থরনিগী ডুংদা মহাকা উনখি। ঐ মঙোন্দা অহুম্মক চেক্লে।

নোং ঙাল্লগা ইমাংতোনহোই, লৈকায়গী মী থরগা লোয়ন-রহুনা ঐবু ইচৈন হংবা লাকলম্মী। মুপা অহুগী মরী মখোঙ মুন্না থঙলবা ইমাতোম্না মথবাক য়ৈরহুনা হায়রকখি—"মাং জ-রেদকো ইবেম্মা। ইমাগী ইচং নঙনা শিনবা তাঁরবাকো!"

মঙমছুদা ইমাতোম্না হায়রবা থিবিক অহুগী অর্থ শঙলমদে। ভাব অমত্রা তাখিদে। পাবুংনম্মু ঐবু ইনাংথান্নলে হায়রম্মী। অহুবু ঐ থোইনা য়ারনদে। ঐনা থঙরিবা ইপুরোইবা অসি তলব চাউনা চাবা য়াংদবা অফিসারনি। মহাক থরচ চাওই। মটর লোংই, অকাওবনা চায়, থকই। মফি-মরোল ভনান চনান শেংনি। অসি মচায় ঐনা পামজব হায়বদু অসিদগী হেন্না কবা অম লৈরমলয়রোই খনখি মঙমছুদা।

মুহুং থরগা হেৈথ্রে।

নোংমা অয়ুক অঙনবদা ঐহাক মঙ-তাংথম মীৎকপ থঙথোক থোকলকপদা মপান্দা ইরাঙ লাওনবহুম তারমই। মচীন কনবী মুপীশিংগী থোঙ্গেল ডাক্ত ওইনা তৌই। ঐম্ম থোঙ হাংদোকুন্না কনা-কনানো হাযনা য়েংলমই। ওস্থোক্লা য়ামথ্রবা মুপীনি। ঙাইহাকী মতুংদা থঙলকলম্মী— মখোয়গী রাঙাংদগী মতুংদি— ঐহাক্কী ইপুরোইবগী মতু ৮ অমদি মচা নিডোল ১২ নি মখোয় ১৬ না অয়ুক অঙনবগিদা ঐবু লঙজা কাকনা মতু শোল্লবা জীব

অমবু শেগায়দুনা চাগদবগী মতৌচুক্তম মৌংমৌ ভাঙশিল্লকখি। কন্নানা করি হায়রিবা ঐ করিনতা ভাখিদে। নাকোং অসিদা চন্দ্র কোটি অমনা তারকখিবমুক শিংজা য়ৈখি। ঐ তশেংনমক লাইফদিবীগুম চপ লেপচুনা মীৎ কুপতনা য়েংদুনা লৈখি। ঐগী করি গতি লৈরবগনি পাবুং অমদি ইমাহোনবু কোয়দুনা থোক্লেন হাংনা কপচবা নত্তনা !"

পুন্নমক অমত্তা চাওদনা থাইরেম্মনা নীংশিংলি।

[ ঐগী মুংশিরবা অঙাঙশিং !

মারী অসিদা ঐনা হায়নীংলি—মীওইবা গুবাক খুংনমখনি। অহোনবু চুহংপা মীওইবগী ধর্ম্ম নত্তে। মাগীদমক ঈশ্বর লৈরি। ঙাহানবদুগীদমক ঈশ্বরনা নোংখনি শোয়দনা লপ্তি পী মঙল খুদ ভাইনবগী মতিনি। মমাহোনা থাইরেম্মদু কয়াগী মতিক লুনা ভৌভখিবা। থাইরেম্মনা মমাহোনবু কয়াগী মতিক লান্না থনখিদে। পুন্নমক ঈশ্বরতনদি উবা ফংই। ঐখোয় অঙাঙ ওইরিংগী অফবা মাখল থনবা তনসি। ইমা-ইপানা হায়বা ইংসি। ঐখোয়গী মংৎনা উবা ঈশ্বরদি ইমা-ইপাতনি। মখোয়না ঐখোয়গী ফনব-তনি খল্লিবা। কৈদোম্বুংদসু ফত্তবা থক খন,থবা লৈতে।]



# রেনুবালা

রেনুবালা য়াম্না ফেনা যৌনা হৌরকপী নুপী মচানি। মমা মপাগী লৈভ-লাইরগী য়াথল মত্তোন্দা চত্তদে। মানা পামজিবা অনুতবু থুংনবা হোৎনৈ। পীকাদিত্তেদগী হৌনা মকে শেমবদা হৈনজে। অফবা লাইরিক লৈবা অমদি পাবগী মহুংতা ফত্তবা লাইরিক পাবা পাম্মী। লৈতেংগী পোং চৈ লৈরম্না পেজৈ। কোসমেটিক য়াম্না শিজিন্নবা, খুজিন শত্তবা, চীনবান থানা শংবা, পিতুন থানা য়েকপা, শনফাবী, থুজি নাচি য়াম্না শি-চাবা, মথল মখলগী ফেসনগী ফি রোল শেৎপনা মাগী হৈনবানি।

রেনু মশক য়াম্না ফজে। মানা ভৌথোকলকপগীনু ইফদা মফজে। ইপকত্তা পকচৈ। অনৌ-অনৌবা পামজবী রেনুনা য়াম্না তোয়না তোয়না মমা মপাদ দিমাগু তৌই। করিগুম্বদা মমাগা থৎনৈ শেনগীদমক। ফংদ ফংলক্রবা, পীদ-পীরক্রবদি মশাগী তমলিবা লাইরিক য়োনথোকই মমান্নবীশিংদা। অমুক হন্না লাইরিক লৈনবা শেল তাল্লি মমা মপাদগী।

তসিদি রেনুগী চহি ১৪ চত্তলকলে। মশানা ইরাং কৈথেল কাজবা পামবনা শারেপ ফানা উরে। তাওজবা পামজবা নহা-রোল কয়ানা রেনুগী মঙ মঙলি।

শরৎচন্দ্রগী য়ারী মচা মচা

ঐগী মুংশিরবা অঙাঙ ওইরিবা পাঠকশিং! মখোয়গুম্বা মুপী-চ মুপা-চাশিং অসিগা থক তিন্না লোয়নরোইদবনি। মখোয়সি ঐখোয়গী ভু-গী লমদা অমঙলগী মপকনি হায়না লৌগদবনি।

নোংমদি রেমুগী লাইবক চাউবী মমাগী নাকোংদা নোংমংদনা বন্ধু ওইরে। অঙকপা বানি রেমুগা পুন্সি মাঙজরে। মহাক মকুন্দ-মথা লেপখ্রে। রেমুগী মমানা কয়া কু চৈবি। অহুবু করিনো তৌগদবা।

মুপা-চাবু কৌকই। মমা-মমা তানৈ। অমুক মঙাঙ ওইনবু হেনদে। মমা মচাশিং থদ্রে। অহুবু মাঙজবদি মুপা-চাশিংদনি। করিনো তেংজিক তৌগদব! বানা কোইসেন চেমরবা নতুংদা অকপ ডাক্তর অমগী মখুত রেমুগী অরাদবু কোকখ্রে। লাইরিকলাইরু তম্বা লোইরগা মখোয় অনী পোয়রনা লুহোংবীব হায়না ওইরম মশেল যানখি!

মচাগী ইকায়-শকোয় তাঙলবা রাখোকসিগী মরিদগী রেমুগী মপাম্ম লাইবু ওইহৌনা চপ্‌চ কুইরবগী মতুংদা অহুমক লৈখিজে। মনাক্ত শোন্দন-নাদ-খ্রে।

ও! মমা মপা ওইবশিংনা মচাশিংগীদমক কয়াদ বাকখ্রবা! কয়াদ থনকখ্রবা! মসিদু থনবীখ্রবা মচাশিংদু পোকলুবগী অর্থ করিনো? মখোয়বু চাউনবা মোকপীরকপা, শেম্বীরকপা শাবীরকপগী মমল করিনো? মচাশিংনা মসি নত্তম খুদিংমক থনবীকম থোকই।

মতম খর হৌগ্রে।

রেমু হে.প্রিক অমুক লাইরিক-লাইগু তমথরে। খর জ্ঞান তানা উরে। শেল খোকলবা মপানা লৈখিন্‌বদগী মখোয়গী ইমুং য়াম্না ব রে। মানা খঙ্লি—মপা লৈরিকৈদা মতৌক চানা লাইরিক তমজহৌরমলবদি হৌজিক রায়বা মতম অসিদা থবক ইনথাগু অমতা ওইরবস্থ ভৌজহনা মনাগী মতেং পাংবা ভমলম-গনি! অদুবু মাদি হনজিন-হনজিন কেল ওইথিরন. হৌজিক্তা ক্লাস নাইন ভংগি।

মাগা মরি লৈনখিবা মুপামচাদু ওসিদি থবক অম ফাংগ্র হায়না তায়। রেমুগী মমানা মচাবু পীনবা রা হে দোকলই। অদুবু মীওইবা কনানসু বদনাম চংখ্রবা মুপীনচা অমবু মচা-মচৌ ওইনাংদে। মুপাহুগী মমাহুনা ইরায় লায়না রা হে দোকলকই — ঐদি লমচং নাইদবা অমবুদি ইমৌ ওইবা থক ভনলোই!

মচিং কন্নবী রেমুগী মমাগা মুপাহুগী মমাগা মশম কোংদংথি হায়না তায়।

রেমুনা মুপাহুবু কৌই। অদুবু অহেনবা পাম্বা তাইবংনি। মুপাহুনা রেমুবু হৌজিক্তি করিস্থ খনব.রমজ্রে। মখোয়গা অকিসতা থবক ভোমিন্নবী অমগসু রা লোইনশ্রে হায়বা তায়। ইকুই-কুইদনা লুহোংখিবগী পাউস্থ কংখি।

হৌজিক রেমু করি ভৌবা তাই? শিবদি য়াদে হিংবা তাই। হিংবা ভারবদি হিংনবা মচাক চঙই। শেল তানবা

তাই। মমা মচানদি করি শুরগা শেল তানগনি? মমাম্নু নোংম নোংমগী অনাবা হেনজিল্লকই। ডাক্তরনা হাম্ব-হ থলগী লায়ন নি। মতম থরদি চঙগনি।

রেম্নু য়াম্না নৌনা বদনাম পকলবীনি। মাবু অথঙবা কনানম্নু থৌওই থাওইনা তৌবীত্রবীনি। মাগী লম্বী ককলবীনি। ও! মীওইবা! মীওইবগী পুন্সি অসে লিক্ল নি। লংই, কজৈ, নাম্নি। অহুবু অমুক্তং তাহনা কায়থুবদি মাগী মমল করিম্নু লৈত্রে। চুপ্পী মচাশিংগী পুন্সিদি লিক্লগী পুন্সিগা চপ মান্নে। মপুং ফাত্রিডৈবা ফজরবা লংলবা লিক্লসে থক লৈমায়দা তাহনবা কত্তে! মাবু নীংথিনা মপুং কানবা য়োকথংথিসি। অহুগা মকম চানা থনথিসি পুন্সিসিনগী লেঙদনবা!

কায়থুবা লিক্লগী মতৌগুম্বী রেম্নু ঙসিদি করি থল্লিবা! মানা থল্লি করি ভৌরগা চাগনি? করি তৌরগা মমাবু লায়েংগনি।

নোংমা মমাদ হৌদোকই—

"ইমা ঐহাক লাইরিক তম্ন তম্না ফি-রোল থর শানবা হোংনগে।"

মনানা খুমলকই—

"কদায়দগী শেলনা লেলোনশেল ওইনশদোরিবা?"

রেম্নু:—"ঐগী থুদোপ মচাসি থুগাইরবদি শেল থরদি কংগনি। মসিনা লেলোনশেল ওইনবা য়াগনি।"

মমানা খুমলকই—"করে করে, থর লৈরগা অমুক কোনবা হায়বছনি।"

……—… ………… … ……

রেমু ভোয়না ইম্ফাল কায়। লং লৌরই। ফি থারই।

শাংম নোংমগী রেমু কেবা হেনগংলকই। মথুংতা শেল থোকলে থরদা ওইরবমু। বদনাম পকচরবমু রেমুদি নৈরিবনি। খঙদবা কনানদি করিনু চিংনফম লৈরিবা! রেমুগী শকুম লাংদ থুরুরবা লং ছুকানগী ময়াং মহাজন জুগোলনা রেমুবু য়াম্না পামজে। রেমুগী মরি মথোঙ য়ানা থিবা হোৎনৈ।

কুইদে। রেমুগা জুগোল মহাজনগা অচেংবা মরি লৈনখি। চহি ৫০ হেল্লবা জুগোল মহাজননা চহি ১৮ ওমক চঙলকলিবী রেমুবু মতিন অর অর ভাবমখৈ মুংশিজে। মানা হায়রিমখৈ য়াই।

রেমুসু মহাজনগী লং লেম্না লৌদে হায়বত্তমক থাকই। ফি ওইনা ঙানবগী শেল লেম্না ফংবগা য়াদ্রে। থর লৈরগা রেমু মশানা ফি শাথিদ্রে। শাঙ্গোয়দা ফিশা কল, ফিহৌ কোল মথল মপা থমলগা লৈকায়গী মৌ লৈশাবী ময়াম্না খুনেকতা শাতল্লি। নোংম-নোংমগী শেল পায়খৎসকই। সরকারদগী গ্রান্ট চাউনা লৌথোকই। মমুম মকৈ থুনা শাগংলকই। লৈকায়নসু রেমুগী কোংনদা কলবগী মতমনি ওাঙনৈ।

অদুবু কুইবা য়াদে। রেমুগা শাজুং খঙলকলে। পুম্নমক জুগোলগী মরলনি হায়না লৈবাক য়া য়া লাওনরকই। জুগোলনা

রেঙ্গুনবু মাগী লনগী সুপী ওইনা ময়ুম মকৈ শাবীদুনা থমখি। মতম খর ক্ষুগোলগা লোয়ননা রেঙ্গু শ্রুংঙাইনা পানখি।

অদুবু রেনুগী য়াম্ন ফত্তবা শাক্তং অমা লৈ। ঐনা মথক্তক্ত হায়রে, মাসি অঙাও ওইরিঙৈদগী লমকেং লমহাংইরকপী নীংবু নীংলবদি অক ফত্ত থাকত্তনা হেক্তা পাঙথোকপা পাম্বী নুপীনি হায়ন। অত্তনা রেনুনা ওসিদি মাগী পুন্সিদা য়াংলম্বা শেলগী অয়াংপয় নপুং কানা ক্ষুগোলগী মফমদগী কংজরবয় মড়োন্না পেন্দবা অনদি লৈহি মদুদি—মাগী মপূরোইবা অহল ওইরে :

ক্ষুগোলদি শেল য়াম্না পায়বা মচাক্তননি। ময়ুম মকৈ ক্ষংনা পাওরিবা মুপানি। মানা লেঙ্গুবু লৌরিবসিমু মনাক্ত থমবা নক্তে। চুমত্তা মপানপোংদা মাগী মুপীনি হায়না নামা থোংলগা রেঙ্গুগী মনাক্ত মানা শংদা মতমদা লাকপনি. শকহেন্নবী রেঙ্গুবু সেনা তৌহনবনি। মাগী ত্তংডলবা কোক্তপু নমহনবনি। য়াম্না লোয়না লাকপা শংদবা মীশকনি।

পুম্মনকসিনা মরম ওইরদুনা রেঙ্গুনা পোলিসি প্রোগাম অমা শিনবা হৌরকখি। মাগী হোপ্না শারবা হনানবা য়ুমহুদা অঙাওবা পাখঙ মচান্সিংগা মতম অয়াম্বা লেনখিয়ে।

মমানা শাক্তংতু থাদোকনবা তোয়না মচাবু থেনই। মানা থক তাবীখিদে। হৌবতবু য়াম্না হৈনা শিংনা হোংলৈ। মাগী অপাম্বদা মমানা য়েংপনি মহাক য়াম্না পেন্দে হায়না মমাবুমু ঙাওবীখি।

মী অমনা চৎপা শাজং মী অমনা খত্তদবা লৈতে। তাইনংনিংদবা উইননিংদবা মা অতুংনা হেন্না তানবি, উনবি। চেন্নবী নত্তবা লমচৎ অসি ভূগোলগী নাকোং য়োথি। ভূগোল খাঙবা ঙমখিদে। অহুম ওইনবক চহিনা নম্বো পোরবা জ্যাগালনা য়াম্না চেকশিন্না অয়োনবা শাজং অত্তবু ফানবা হোৎনখি।

য়েন্নসু মহুগী মতীক শিংলবা গুপী নচানি। মানা ভুগোলগী মীত্তেক মীয়ৌ পুম্নমক খঙই। মতম কয়ানা অয়োনবা শাজংছু কাবা ঙমখিদে।

নোংমদি ভুগোল মাগী লেশকী য়ুমদা খোঙ শায়বা এরোপ্লেন টিকেৎনচিংবা ককখ্রে। ইকুই কুইদম হন্নকনি হায়বা পাউসু য়েন্নুনা কংখি। চৎকদবা মুনীংত্তু ভুগোল য়েনুগীদা নোংনা লেক চাহুনা কৈরম্মী। মথঙগী অয়ুক অঙনবদা মচাক খোঙশানখি।

মুনাংতুগী মুংমিদাংছুনক য়েন্নুনা মনদা মুংঙাইনা মাগী অনৌবা পাখঙ মচান্নবু কৌখি। য়াদন পুম্নমক খঙলবা পাখঙ মচাছু করিসু চিংনদনা য়েন্নগা লৈমিন্নখি।

মুনাংতুগী অখেঙবা অহিংদা করি পোকখি?

থোকখি ভুজংলব য়ায়ী অমা।

খঙহৌদনা মাইথুম কি উপ্পা ভুপা অমনা নমগী শিল্লিং মথক্তগী কুমথরকখি। মাবু হেক উবদা অয়োন শাজং চৎলম্বা মখোয় অনী কিবনা থক থক নীকখি। অহুবু মুপাহুনা মখোয়বু লাও খোঙবা ভোরবদি মখুৎতা পায়রিবা রিবোলবরছুনা কাপখায়রুনা হাংকনি হায়না কিহনবদগী মখোয় করিনত্তা লেঙদ্রে।

থঙহৈদনা হুপাহুনা মাইপুম কি লৌথোরকই। মত ক কনাসু নত্তে—রেম্বুগী মপুরোইবা জুগোন্দনি! নাবু হেক উবদা মখোয় অনীমক নানথোকনবা হেৎনরকই। অহুবু মাগ থুংতা পায়রিবা রিবোলবরগী মক থরহনা মখোয় অনীমকপু চেক থোক লাওহনখিদে। মহাক থুনমক মপান থোকখ্রে।

রেম্বুগী কমককনিংঙাই ওইরবা হকচাং অহুনা শেলহন থমবা মোমপাক মথক্তুদা লোংনা হায়থহুনা লৈরি। হুপাহুগী হকচাংহুনা কমাংহুদা ভারি। মখোয় অনীনকী হকচাং থরায় য়াংঙ্গবা পোম্লাং ওইনা ভাহুনা লৈহৈরে।

ও।......কুবংগী পুন্সি
মতমসে ফুগায়না লৈশাং ভমলি
শানাগবী লৈরাং কয়ানি।
মাদি তুমথুন ভাম্লিয়ে
নাইতোন চোইনা কেন্নুনা
কন্নো মাগীদমক পিরাং শিহুবীগদবা!!

[ এগী লুংশিরবা অঙাঙশিং।

রারঁ অসি পারগা মখোয়গী হুংগী পুন্সিগী লমচৎ অমা শেমহৌবা য়াগনি থল্লি। রেম্বুগী পুন্সিদা থেংকলিবা থোথোক রাথোক, কপনিংবা, অকিবা, তুঙ্গুংবা, নচাক ওশানা শেমকবনি। করিংখ্রদা নখোয়গী হুংগী চাউখৎলকলিবা পুন্সিদা অসিংঙু রানী সিগা নকবা থৌদোক অমা থোকলবদি রারী অসিবু নিংশিংবদা হন্না কায়গনি। ফত্তবা লমীদা করিংখ্রদগু থেঙ্গা কিনগে হল্লোইদবনি। রারী অসি ভসিগী সনাজসিদা য়াম্না তোম্বনা থোকলকলবা অমনি থোকলকখিগদবা থেংগোকখি। নখোয় য়াম্না চেকশিনবা কৈ; জাতিগী মপুং কাবা খুগী অমা ওইহৌনবা ]

## Sarat Publications Children book Series.

১। জীৱশিংগী ৰাণী

(First Prize in Science group 1987)

২। মেজাঙুৰা মহাল

(First Prize in Story group 1988)

৩। খুৰাক-খুৰনৰ

(First Prize in Drama group 1989)

৪। টৈটৈ হুকা

(First Prize in Literature group 1989)